# নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ

## শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ।





অইবা
নিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ
গুরু জে.এন.এম.ডি.এ
ইম্ফাল

অফেংবা:- নিংথৌজম প্রেমচান্দ সিংহ
যাইস্কুল অয়ুমস্থান, ইম্ফাল।



ফোন নম্বর:- ২২২৮৫৬

লাইবিক মমিং থোম্বিবা:- শ্রীশৌগাইজম থানিল সিংহ
প্রাধান গুরু, জে.এন.এম.ডি.এ

অহানবা ফোঙবা:- ৭ সেপতেম্বর, ২০০৪
(থরানগী ২৩নি পানবা কৃষ্ণ জন্ম, লৈবাকপোকপা নুমিৎ)

কপী মশীং:- ১,০০০ (লিশিং অমা)

অনিশুবা খুৎনম:- ২২ সেপতেম্বর, ২০০৪
(লাংবনগী ৮নি পানবা বাধা জন্ম, য়ুমশকৈশা নুমিৎ)

কপী মশীং:- ৫০০ (চামঙা)

মখুম য়েকপা:- নোংমাইথেম লানঙম্বা সিংহ
সগোলবন্দ তেরা সাপম লৈরক
নোংমাইথেম লৈকায়।

মমল:- লুপা ৬০.০০ (হুম্ফু)

নম্বা:- নম্ফম: সি.টি. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস
বাবুপাবা, ওপোজিৎ টেলিফোন ভাবন, ইম্ফাল।



# শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ ভ্যাং নমঃ।

খৃষ্টগী চা তরানিপানগী অকোনবা তঙ্খাইগী অহানবা তবাদা মৈদিঙু ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা মণিপুরগী ফম্বান্ তোংই। নিংথৌরেন্ অসিনা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীলোকনাথগোস্বামীদগী খাইথখিবাশ্রীনরোত্তমঠাকুরমহাশয়গী শাখা শ্রীরূপরমানন্দদগী গৌড়ীয় ধর্ম্ম দীক্ষা ফংই। মতম্ অসিদগী মৈতৈ লৈবাক্তা গৌড়ীয় ধর্ম্ম চৎপা হৌখি। নিংথৌরেন্ অসিগী ভক্তিপ্রেম্‌তনা শ্রীশ্রীগোবিন্দনা মণিপুরগী "কাণ্যা উদয়্যাগাব" চিঙ্‌দা ঊানবিখি। নিংথৌরেন্ ভাগ্যচন্দ্র জয়সিংহনা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা কৎপা সঙ্কীর্ত্তন্ অমসুং রাসনৃত্যনা মতম্ অসিদা মণিপুরগী নট্ সঙ্কীর্ত্তন্ অমসুং রাস কৌদুনা হৌজিক ফাউবা উজবা ফংলি।

"উজনিংঙি মপোক্ খুদিং
শোঞ্জনিংঙি নুংশিবা নমিং।
কাওহন্বিনু মতম্‌খুদিংদা,
শোঞ্জগেকো নংগী নাম।"

"নট্টে সঙ্কীর্ত্তন শৈশক শৈথৌ" (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) হাইরিবা লাইরিক মচা অসি ঐবু পোকপিরম্বা ৺নিংথৌজম অঙাংয়াইমা সিংহ, নিংথৌরোন হুম্ফুমরিগী শৈশকপা, খোংজোম প্রর্বগী হিরমদা লৈবাক্লা শক খংবিরম্বা পাবুংগী মিংদা শ্রীশ্রী রাধাগোবিন্দজিগী চরণদা কৎচরি।

শ্যামচান্দ সিংহ



## । পঞ্চ তত্ত্ব ।

অদ্বৈত, নিত্যানন্দ, গৌরাঙ্গ, গদাধর, শ্রীনিবাস

## । সঙ্কীর্ত্তণ মহা যজ্ঞ ।

কৃতেযদ্ ধ্যায়তে বিষ্ণুং, ত্রেতাযাং যজতে মখৈ: ।
দ্বাপরে পরিচর্য্যায়াং কলৌ তদ্ধরি কীর্ত্তনাৎ ।।

## । মৈতৈলোল ।

সত্য যুগ্‌তা শ্রীহরিবু ধ্যান্ তৌবনা অরান্ খুবম্ ফংই ।
ত্রেতাদা যজ্ঞ তৌবনা অরান্ খুবম্ ফংই ।
দ্বাপরদা সেবা তৌবনা অরান্ খুবম ফংই ।
কলি যুগ্‌তেদি হরিনাম সঙ্কীর্ত্তণা মহাযজ্ঞ ওইদুনা,
জীবগী অরান্ খুবম ফংই ।

**"কলিদদি সঙ্কীর্ত্তণা মহাযজ্ঞনি"**



শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুর শ্রীচরণ্ চিহ্ন।

## । গুরু গীতা ।

ধ্যানমুলং গুরোমুর্ত্তি, পুজামুলং গুরোপাদ।
মন্ত্রমুলং গুরোর্বাক্যং, মোক্ষমুলং গুরোকৃপা।।

## । মৈতৈলোল ।

নিংনবগী মরুদি শ্রীগুরুগী মশক্নি,
লাৎনবগী মরুদি গুরুগী পাদ(খোঙ)নি।
মন্ত্রগী মরুদি শ্রীগুরুগী য়াথংনি,
লান্নবগী মরুদি শ্রীগুরুগী থৌজাল্নি।

## । অইবগী শমলপ্পা পুন্সি ৱারি ।



নিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ ইম্ফাল ৱেষ্টকী মনুং চলনা লৈবা ময়াং ইম্ফালদা পোকখি। খোংজোম প্রবর্বা, নিংথৌবোন হুম্ফু মরিগী শকনায়রবা শৈশকপা ওইবিরম্বা ৺নিংথৌজম অঙাংয়াইমা অমদি ৺নিংথৌজম ওংবী কৈন্যাহল দেবীগী মচানি।

মশাগী চহি ১০ (তরা) মুক সুরকপা অদুৱাইদগী ঈশৈ তম্বা হৌরকখি। অসিগী তুংদা উচিৱাগী শকনাইরবা নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈগী গুরু হুইনিংসুম্বম্ নবদ্বীপ সিংহদা বোরিরগা গুরু ওইদুনা নট সঙ্কীর্ত্তণগী শৈশক শৈদা অয়াম্বা তম্বা হৌরকখি।

ইং শোক ১৯৭৯ দা জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমীদগী নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈদা ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্টা পোস্ট গ্রেজুয়েট ডিপ্লোমা পাস তৌখি।

ইং শোক ১৯৮০ দা হাইবিবা একাডেমী অসিমক্তগী নট সঙ্কীর্ত্তণ চোলোমগী হিরমদা ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্টতা পোস্ট গ্রেজুয়েট ডিপ্লোমা পাস তৌখি।

ইং শোক ১৯৮০-৮১ গী ওইনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মখাদা ফেলোসিপ এৱাড ফংদুনা, ৺সগোলশেম কালিদমল ওঝাদগী নিমাই সৈন্যাস তমখি। মথংদা ৺গুরুময়ুম ইবোতোন শর্ম্মা ওঝাদগী কহ্লান্তরিতাগী শৈশক তমখি। অমদি ৺মাইবম ইবুংঙোহল ওঝাদগী মেল ভুষনা, মেনকিসি, অমসুং চোলোমগী শরুক কয়া তমখি।

ইং শোক ১৯৯১-৯৩ গী ওইনা মিনিষ্ট্রি ওফ হুমেন রিসোরচ ডিবলবমেন্ট ডিপারমেন্ট ওফ কলচর, গোভমেন্ট ওফ ইণ্ডিযাগী মখাদা সেনিয়ার ফেলোসিপ এৱাড ফংবগা লোইননা লালস ঈশৈ কুম্ভামঙা ৺গুরুময়ুম বাবুম্না শর্ম্মা ওঝাদগী তমখি।

ইং শোক ১৯৯৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী গম্ভিনী-রঞ্জনা দেবী গোল্ড মেদল ফংখি।

নট সঙ্কীর্ত্তণগী লমদা মশক নাইবা শৈশকপা অমা ওইনা ওল ইণ্ডিয়া রেডিও ইম্ফালগী শৈশকপা অমা ওইরি। অমদি হৌজিক হৌজিক শ্রীশ্রী গোবিন্দজি থৌগল পলা লোইশংগী পলা অহল নম্বর: ৩ গী ঈশৈ হন্বা ওইবগা লোইননা জৱহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফালগী গুরুসু ওইরি।

# । ৱাহৈ খরদং ।

নট সঙ্কীৰ্ত্তণ শৈশক শৈহৌ, (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ)



শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহ্, গুরু জৱাহ্‌রলাল নেহ্‌রু মণিপুর ডান্স একাদেমী ইম্ফালনা ইবিরিবা লাইরিক অসি মণিপুরদা গৌর ধর্ম্ম চৎলিবা মীওই কয়াগী লাৎনফম ওইরিবা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু হায়বদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শায়োলনি থাজনরিবা ঈশ্বরবু খুরুমজবগী শৈহেক-শৈশক, রাগ, তাল অমদি সঙ্কীৰ্ত্তণ অমা লিংখৎপদা চংগদবা মখল কয়া, সঙ্কীৰ্ত্তণগী সেবারি ওইবাসিংগী ফিজেৎ, ফিরেপ, পুম্নমক নিংথিনা নৈনৈ। লাইরিক অসিদা অঙাংসিংনা তমগদবা সঙ্কীৰ্ত্তণ করিনো ? সঙ্কীৰ্ত্তণদা করি করিনা পুজা তৌগনি সঙ্কীৰ্ত্তণগী ফিরেপ, ফিদুপ, ফিজোল, ভাবকশিংগী মরম অমদি ঈশৈগী মরূওইবা অমা অনিদং লৌখৎচরবদা পুঙলোন অনুৱা রাগ মচা, ঈশৈগী রাগ, গৌরাঙ্গরূপ, যুগল প্ৰৰ্থনা নিত্যাইবোৎ, শ্রীমদ্ভাগবত আরতি, অমদি নাম সঙ্কীৰ্ত্তণচিংবা য়াম্না কুপ্না নিংথিনা নৈনৈ। লাইরিক্কি লোইরমদায়দা জৱাহ্‌রলাল নেহরূ মণিপুর ডান্স একাদেমী লীংখৎখিবা ছাত্রশিংনা খংবদা কানগদবা পুম্নমক ইরি। লাইরিক অসিদা হিরম অমদগী মরিফু-মঙা ফাউবা য়াউরি। লমাই হুম্ফুতরাহুমদোই পাল্লী।

মণিপুরগী নট সঙ্কীৰ্ত্তণগী ওঝা কয়ানা হিন্দু সম্প্রদায় ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া ইবিরম্লবসু জগোই ঈশৈগী ছাত্রশিংগী টেক্সবুক ওইনা সিজিন্নফম ইখং খংনদ্রি হায়না লৌজে। অদুবু ওঝা শ্যামচান্দগী লাইরিকসিদি সঙ্কীৰ্ত্তণগী টেক্সবুক ওইনা শিজিন্নবা য়ানবা মওংদা ইবিবা অসিগীদমক ওঝাবু ইকাই খুম্নবা উচ্চরি। লাইরিক অসিনা হৌগৎলকলিবা অঙাংশিং কলা অমসুং সংসকৃটি খংজনিংবা ছাত্র ছাত্রিশিংদা চপ চানা কান্নবা ফংগনি হায়না আসা তৌজরি।

অচুম্বমক মণিপুরদা জগোই ঈশৈগী স্কুল য়াম্না লৈরবসু চপ চাবা সিলেবস অমসুং কমল টেক্সবুক লৈতবনা স্কুল স্কুলগী ওঝাশিংগী অখংবা অপাম্বা মওংদা তম্বিবনা জগোই ঈশৈগী ছাত্র-ছাত্রিশিংগী পোৎথোক্তা খেন্নবা লৈতবা নত্তে। মরম অসিনা কলা অমসুং সংসকৃতিগী পোৎথোক পুথোকপিবদা মাঙজিল থারিবা কলেজ জৱাহ্‌রলাল নেহরূ মণিপুর ডান্স একাদেমীগী ওঝাশিংনা জগোই ঈশৈগী

টেক্সবুক তাংকক তাংকক নাইনা ওঝা শ্যামচান্দগুম্না মথং মথং পুথোকপীদুনা জগোই ঈশৈগী কৎথোক্লবা ছাত্র ছাত্রিশিংগী কান্নবা পীবিব্বা ওইসনু। লোইনা লোইননা ওঝা শ্যামচান্দনা মহাক্কী অতোপ্পা কলা অমসুং সংস্কৃটিগী লাইরিক কয়া পুথোকপিবদা জগৎকী মপু হরিনা বুদ্ধি, জ্ঞান, পাঙ্গল, শক্তি, পিবিবা ওইসনু।

ডাঃ শ্রীমতী সরোজিনী দেবী

তাং ১৭।৮।২০০৪

(ডাক্তর শ্রীমতি সরোজিনী দেবী)
ডাইরেক্তর আর্টস এণ্ড কলচর, মণিপুর
সেক্রেটরি ষ্টেট কলা একাদেমী মণিপুর।

# । ৱাহৈ খরদং ।



জৱহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমিদা নট সঙ্কীর্ত্তণগী গুরু ওইনা থবক তৌরিবা নিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহনা পুথোকপা 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) হায়বসি নট সঙ্কীর্ত্তণগী হিরমদা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংদা থোইদোক্না কান্নরবা লাইরিক অমনি। মশানা হিরম অসিদা চহি কয়া লৈবাক্কী সেবা তৌরকপা অমদি বিদ্যা অসিদা মমুৎ তানা শম্নরকপনা ওঝা অসিনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসি অঙাংশিংগীদমক্তদি অচৌবা লন ওইগনি। নট সংকীর্ত্তণগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়া হৌখিবা চহি খর অসিদা হিরম অসিদা খং-হৈরবা ওঝা-গুরুশিংনা পুথোরকপা উরে। মসি পুম্নমক হিরম অসিদা চংশিল্লিবা মীওইশিংগী মফমদা মমল নাইদ্রবা মতেং ওইরি। অহল-লম্মনশিংনা হায়নবা, যুম্ফম চেৎত্রবদি য়ুম শাবা য়াদে হায়বসি য়াম্না চুম্বা ৱাফমনি। অঙাংশিংগী যুম্ফম, হৌরকফম মরু অসি চেৎহল্লবতদা মশা-মরেং নিংথিনা শন্দোবকপা ঙমগদৌরিবনি। য়ুম অসি মিৎয়েংফম ওইগদৌরিবনি। মাইগৈ অসোমদা মিৎয়েং থম্লগা ওঝা শ্যামচান্দ সিংহনা নৌনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসি মমল য়াম্লবা অমনি। ওঝানা লাইরিক অসি মশাগী মবন্নাই বৃধিদগী পুথোরকপা নত্তে হায়না ফোংদোকপিবি। মহাক্তী চুম্নগী লাই ওইখ্রবা ওজাশিংগী লিকলু ময়াম অদু খোমজিল্লগা পরেং শেম্বতনি। ৱাফম অসিনা অমুক্কা হেন্না লাইরিক অসিগী মগুণ হেঙ্গৎহল্লি। নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র- ছাত্রিশিংনা নিংথিনা পরেং লেংশিল্লিবা 'লিকলু পরেং' অসি মশক খংনা খন্দোকপা ঙম্লবদি তুংগী অচৌবা লিকলম অমা শোয়দনা যাৎপা ঙমগনি। হিরম অসিদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা ওঝা শ্যামচান্দ সিংহবু মঙ্গল ওইবা ওইসনু হায়না ঐহাক্না ঈশ্বরদা খুরুমজরি।

লোংজম জয়চন্দ্র

(লোংজম জয়চন্দ্র)

ডাইরেক্তর

জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমি, ইম্ফাল।

# । ৱাহৈ খরদং ।



গুরু শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহনা পুথোকচবা নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ, শিশু শিক্ষা (প্রথমভাগ) হায়বা লাইরিক মচা অসি, শ্রীহরি সংকীর্ত্তণদা মরু ওইনা, মণিপুরী নট সংকীর্ত্তণ মহাযজ্ঞগী লীলা ফমবাক্তা নৌনা খোংদাজরকপা নহারোল বৈষ্ণব সংগীত প্রেমীশিংগী ওইনা লমজিং লমতাক ওইবদা চাওনা মতেং ওইরগদবা লাইরিক অমনি হায়না ঐহাক্না লৌজে।

লাইশ্রম বীরেন্দ্র কুমার সিংহ

ইম্ফাল তাং ১৮ আগষ্ট ২০০৪

(লাইশ্রম বীরেন্দ্রকুমার সিংহ)
য়াইস্কুল, হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।

## । থাগৎচরি ।



'জগৎ সংসার' অসিবু শেম্বীরিবা জগৎকী মপুইবুংঙোবু খুরুমজবগা লোইননা 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) হায়না মিংথোনবা শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহনা ইবা লাইরিক অসি পিল্লবসু পিল্লা য়াম্না মগুণ লৈবা হৌজিক হৌজিক মণিপুরগী দেব কর্ম্মদা চৎনরিবা 'নিতি নিয়ম' সুনা ময়েক শেংনা য়াওরবা লাইরিক অমনি হায়জনিংই। 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' হায়রিবা লাইরিক অসি ধর্ম্ম লৈবা ঈশ্বরবু নিংবা, সঙ্কীর্ত্তণবু পামজবা, অমসুং খঙজনিংবা মীওইশিং অমদি তমখৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংগী মিৎ-মায় পাংবা অমদি ভাব তাব, ঙমগনি হায়না নিংই। লোইন লোইননা লাইরিক অসিদা ফোংদোক্লিবা, হরিনাম গৌর সঙ্কীর্ত্তণবু ইকোই কোয়শিন্দুনা ভক্তিগা লোইননা তাবিরিবা ভবক্কি ভাবা অমদি খুরুম-খাজংবগী নিয়ম নিতি য়াওরিবশিং অসি হৌজিক্কি ছাত্র-ছাত্রিশিং অমদি ইনখৎলক্লিবা নহারোনশিংদা তাক্পিবা, খঙহন্বা হায়বা অসি য়াম্না মরুওই হৌজিক্কি সামাজ অসিগী ইথিল, অমদি ঈচেল অসিদা।

মরম অসিনা ঐহাক্না 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) ইবিরিবা, জে.এন.এম.ডি. একাডেমিগী চোলোমগী গুরু, এন. শ্যামচান্দ সিংহবু থাগৎচবগা লোইননা, মতুংদসু সঙ্কীর্ত্তণগী মরমদা অফবা লাইরিক ইবা ঙম্বা ওইসনু অমদি পুন্সি নুংশাংনা ঈশ্বরগী শেবাবু ঙম্বা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি।

এস, থানিল সিংহ

(এস. থানিল সিংহ)

প্রধান গুরু,

জবহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমি, ইম্ফাল।

## । ৱাহৈ খরদং ।



শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহনা ইজবা 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) হায়বা লাইরিকসি ঐহাক্না য়াম্না কুপ্না পাজরে। শ্রীশ্যামচন্দ সিংহ লৈবাক্কী শকনাইরবা নট সঙ্কীর্ত্তণগী ওঝা অমনি। পিশক পিকলিঙৈদগী বিদ্যা অসিদা ওঝ-গুরু খঞ্জরক্লবা ওঝ অমনি। হৌজিক হৌজিক ডান্স একাদেমী, ইম্ফালগী নট সঙ্কীর্ত্তণগী গুরু অমা ওইবি।

নট সঙ্কীর্ত্তণ হায়বসি মহাযজ্ঞগী মশকনি। কলিযুগতদি ঈশ্বব ফংনবগী লম্বেল অসি সঙ্কীর্ত্তণনা ওইরি। লাইরিক অসিনা নট সঙ্কীর্ত্তণ নৌনা তমজরকপা ছাত্র-ছাত্রীশিংদা য়াম্না কান্নবা পিরগনি হায়না ঐহাক্না লৌজৈ। নট সঙ্কীর্ত্তণ অমদা চংদবা য়াদ্রবা মচাক কয়া লাইরিকসিদা য়াওরি। ফিজেৎ-লৈতেং, খুরুম্বগী মখল, ভাবক মখল, পঞ্চ তত্ত্ব, পঞ্চ প্রান, পঞ্চরসনচিংবা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা খংদ্রবা য়াদ্রবা শাস্ত্রিয় ওইবা ৱাফম কয়া লাইরিকসিদা পললি। মায়কৈ অসোমদা মতম কুইনা হাংদুনা লৈরকলবা মফম অমা লাইরিকসিনা মেনশনবা ঙমলগনি হায়না ঐহাক্না থাজৈ। মসিনা জৱহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী নট সঙ্কীর্ত্তণ ফাউন্দেসনগী ছাত্র-ছাত্রশিংদসু য়াম্না কান্নবা পীরগনি।

ইবুংঙো শ্রীশ্যামচান্দনা অসিগুম্লবা মমল য়াম্লবা অতোপ্পা লাইরিক কয়াসু ইবিদুনা সমাজগী সেবা তৌজবা ঙমজনবা শ্রীশ্রী গোবিন্দগী মফমদা ঐহাক্না খুরুমজরি।

শ্রীরাণীশাখী দেবী

তাং ২৯।০৮।২০০৪

(শ্রীমতি কোঁইরেঙবম ওংবী থৌবানীশাখী দেবী)
গুরুহল, বাস ডিপার্টমেন্ট
জৱহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমি, ইম্ফাল।

# । ৱাহৈ খরদং ।



জৱহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমীগী নট সঙ্কীর্ত্তণগী ওঝা শ্রীনিংথৌজম শ্যামচান্দ সিংহনা ইবা লাইরিক 'নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ' (শিশু শিক্ষা প্রথম ভাগ) হায়বা অসি সঙ্কীর্ত্তণ নৌনা তমজরকলিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী অমদি নৌনা নট সঙ্কীর্ত্তণ মশক খঙননবা হোৎনরকপা মীওইশিংগী য়াম্না কান্নরবা লাইরিক অমনি হায়না হায়জনিংই।

লাইরিক অসিদা নট সঙ্কীর্ত্তণ অমদা চংদবা য়াদ্রবা জ্ঞাণশিং পুম্নমক য়াওবা থেংনৈ। য়াম্না মরিক চুম্না, তেন্না তেন্না বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ফোংদোকপনা নৌনা বিষয়সিদা চংশিনলকলিবা মীওইশিংদা য়াম্না কান্নবা পিরগনি। সঙ্কীর্ত্তণগী নুংগী ওইবা মশক্, মণিপুরদা মসি হৌরক্লিবা, ফিজেৎ-লৈতেং চংদবা য়াদ্রবা সংকীর্ত্তণগী পরিং, নোটেশনগা লোয়ননা রাগ-রাগীনিশিং নৈনরি।

তশেংনমক নট সঙ্কীর্ত্তণ য়াম্না মপুং মরৈ ফারবা মণিপুরগী সংস্কৃতিগী লন অমনি। অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিংদা লৈত্রবা য়াম্না চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা ঐখোয়গীতা ওইবা কলা মখল অমনি। অদুবু অৱাবদি কলাসিবু ঐখোয়গী হৌজিক্কী মিরোলনা শকখংবিবা ৱাংলি। থায়নদি শৈশকলিবা ওঝ-গুরুশিংদগী ভাবক ওইনা লেংশিনলিবা অহল-লমনশিংনা কলাসিগী মশক হেন্না খঙবা ঙমলম্মী হায়বা য়াই। ঙসিদি ভাবকশিংনা নট সঙ্কীর্ত্তণবু খঙবা য়াম্না ৱাংলে।

অসিগুম্লবা তঞ্জাসিদা ওঝানা লাইরিক অসি পুথোকপিরকপা ময়াম পুম্নমক্কী য়াম্না লাইবক ফবনি। ওঝাবু শ্রীশ্রী গোবিন্দনা মঙ্গল পীবিবা ওইসনু।

এল. উপেন্দ্র শর্ম্মা

তাং ২৮।০৮।০৪

(এল. উপেন্দ্র শর্ম্মা)
প্রোগ্রাম ওফিসার
জে.এন. মণিপুর ডান্স একাদমি, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকপা

# ৱাহৌদোক

শ্রীগুরুদেবগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজরি, মমলবা থমোইগী মঙাল পিবিরীবা, জ্ঞানগী থাংমৈ ওইবিরিবা, অসিগুন্নবা শ্রীগুরুগী চরণবু কোঞ্জরগা লাইরিক মচা অসি ইজরি।

"নট সঙ্কীর্ত্তণ শৈশক শৈহৌ" হায়রীবা লাইরিক মচা অসিবু ইজরুবগী মরমদি; নট সঙ্কীর্ত্তণবু পামদুনা তম্লিবা ছাত্রা ছাত্রীশিংনা খঙ্নিঙ্বা অমসুং হৈনিংবগা লোইননা "নট সঙ্কীর্ত্তণ"গী লমদা খংদবা য়াদ্রবা কয়া অমা খংননবা হোৎনরকপা মতমদা লাইরিক কয়া অমা ৱানা নৈনদুনা, মদুদগী ফংলক্রদবা হিরমশিং অদু মতেক মতেক ওইনা লৌখত্তুনা ইজরি। লাইরিক মচা অসি হৌগৎলক্লিবা "নট সঙ্কীর্ত্তণ" গী ছাত্র-ছাত্রীশিংনা য়াম্না লাইনা খঙবা ঙম্নবগীদমক্তা ৱাহং য়াওনা ফোঙজবা লাইরিক্নী। লাইরিক অসিদা য়াওরিবশিংগী মনুংদা খরা পঞ্জরবদা:

শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চতত্ত্ব, চৈতন্য প্রভুগী পঞ্চতত্ত্ব, গৌরাঙ্গগী পঞ্চপ্রান, পঞ্চরস, সঙ্গীত মখল, অস্থি সপ্তয়দা রাগ হৌবা য়াদবগী মরম, নট ঈশৈগী রাগশিংগা সঙ্গীত শাস্ত্রগা লৈনবা মরি, নট সঙ্কীর্ত্তণদা শিজীন্নরিবা সুরগী মরম, নট সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈগী ফজবা মগুণ, নট ঈশৈগী রাগ: রাগিনীশিংগী মরম, ফৈজোম শেৎপগী মওং, সঙ্কীর্ত্তণদা ফী থাবগী মরম, সঙ্কীর্ত্তণদা মকোক মঙানা ময়ামদগী ফী থাবা হেল্লীবগী মরম, নট সঙ্কীর্ত্তণগী লেঙবা য়াদ্রবা তাংকক মখল অহুম, সঙ্কীর্ত্তণ কৎপগী কান্নবা, লৈ চন্দণ লৌরগা বরিবা চংলিবগী মরম, লৈ চন্দণগী মশক, খুরম্বা মখল, ভাবক মখল, ফিরেপ মখল, ফিদুপ মখল, মীৎয়েং মখল, রাগ তাবদা তিন্তাল থাদবা য়াদবগী মরম, তিনবাঞ্জাগী রস, রাধাবু করতালগী মশক্তি হায়বগী মরম, রাধাগী চহিগা চানবা যন্ত্রশিং, নট সঙ্কীর্ত্তণগী মথং-মনাও নাইবা পরিং অমদি মখোয়গী রস, অনুৱা রাগ মচাগী পুঙলোন, কার্ত্তিক সঞ্চারগী পুঙলোন, তুরি, মৌরী, বেনাবলি, রাগিনিশিংগী

বাহ্ন অমসুং গৌরবোট নোটেসনগা লোইননা, অষ্টি পরেং, নাম সাঙ্কীর্ত্তণ অমদি জৱাহ্রলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীনা হৌদোকখিবগী মরমদা য়াওরি।

'নট সঙ্কীর্ত্তণ'বু পামদুনা তম্লিবা ছাত্রা-ছাত্রীশিংনা ঈশৈ তম্বা মতমদা ঈশৈগী (ক্রোম) পরিং লৈত্রবদি, ঈশৈ তম্বগী কান্নবা ফংলোইদবা উবদগী লাইরিক অসিদা পরিং নাইনা লেংজরগা ছাত্র-ছাত্রীশিংদা খরগী মতেং পাংবা ঙমগদরা খল্লুবদগী লাইরিক মচা অসি ইজবনি।

লাইরিক অসি ওঝাশিংনা হান্না ফোংদোক্পিখ্রবা লাইরিক্ কয়াদগী খোম্জঞ্জরগা ইজবা লাইরিক্নি। লাইরিক্ অসিগী মনুংদা অশোই অরান য়াওবা পুম্নমক নট সঙ্কীর্ত্তণ্গী শৈশক্ শৈহৌ ঈশৈ লাইরিক্নি খন্‌বিদুনা অইববু ঙাক্পিনি খঞ্জে।

# গুরুবু খুরুমজবা

বন্দে গুরু নীশ ভক্তা নীশ মীশা বতারকান ।।
তৎপ্রাকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণ চৈতণ্য সংজ্ঞকম্।।

## । মৈতৈ লোন ।

ঐনা শ্রীগুরু পুন্নমকপু খুরুমজরি ঈশ্বরগী ভক্তপুম্বা (শ্রীবাসনচিংবা) ঈশ্বরগী অবতার (শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনচিংববু) ঈশ্বরগী প্রকাশ পুম্ববু (শ্রীনিত্যানন্দনচিংববু) ঈশ্বরগী শক্তিশিংবু (শ্রীগদাধরনচিংববু) অমসুং শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্য কৌবা ঈশ্বরবু খুরুমজরি।

পঞ্চতত্ত্বাত্মকং; কৃষ্ণং ভক্তরূপস্বরূপকম্ ।।
ভক্তাবতরং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্ ।।

চৈ:চ: আদি মূল ১৪

ভক্তগী মশক্ ওইরীবা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্য ভক্তস্বরূপ্ শ্রীনিত্যানন্দ, ভক্তাবতার শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, ভক্তনী হায়না খঙনরবা শ্রীবাস, ভক্ত শক্তি শ্রীগদাধর, তত্ত্ব মঙা অসিবু কোল্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু (শ্রীকৃষ্ণচৈতণ্যবু) ঐনা খুরুমজরি।

## । পঞ্চ তত্ত্ব ।

### (শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চতত্ত্ব)

দ্বাপুর যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা তত্ত্ব মঙা থোক্লা অবতার তৌবিখি। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা ওইখিবা পঞ্চ তত্ত্বদি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমশানে, মাগী বিলাস, অবতার, ভক্ত অমসুং শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলাদা তত্ত্ব মরিগী মূলতত্ত্ব শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙাম্বা ওইনা উরবসু স্বরূপ (মওং মতৌ) য়েংলবদি তত্ত্ব মরি অসি শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙাম্বা নত্তে।

# (চৈতন্য প্রভুগী পঞ্চ তত্ত্ব)

দ্বাপর যুগত শ্রীকৃষ্ণনা তত্ত্ব মণ্ডা থোক্লা অবতার তৌবিখিবগুম্না কলি যুগ্ অসিদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্যনা তত্ত্ব মণ্ডা থোক্লা পুথোক্লুনা নবদ্বীপ্তা অবতার তৌবিরি॥ নবদ্বীপ্কী লীলাদা স্বয়ং ব্রজরাজনন্দন্ শ্রীকৃষ্ণমক্লা শ্রীকৃষ্ণ চৈতণ্যা ওইনা অবতাব তৌবিররে। প্রভুনা ভক্তগী মওং লৌয়ি হায়দুনা মহাক্ মশামক ভক্তগী রূপনি। নবদ্বীপ্তা প্রভুনা মুল তত্ত্বনী, মছাগী অনিংবা (ইচ্ছা) হায়বা শক্তিদু শীজিন্নদুনা অতোপ্পা তত্ত্ব মরি থোক্লা উৎপিরম্মী। চৈতণ্য প্রভুগা পঞ্চ তত্ত্ব ওই।

তত্ত্ব মরি অদুদিঃ-

১। ভক্তস্বরূপ্ শ্রীনিত্যানন্দ, ২। ভক্ত অবতার শ্রীঅদ্বৈত,

৩। ভক্তগী মকোক শ্রীবাস, ৪। ভক্তশক্তি শ্রীগদাধর অসিনি।

## (পঞ্চ প্রাণ)

### (সঞ্চার)

সঞ্চাবনা প্রভুগী থৱায় মণ্ডানি। রাগ রাগিনী মশক্ খণ্ডনা ঈশৈ শকলবদি শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী পঞ্চপ্রাণ অসি থোরকই॥

পঞ্চ হায়বদি:-১। মন ২। বুদ্ধি ৩। চিৎ ৪। ইন্দ্রি ৫। প্রাণ প্রভুগী থৱায় মণ্ডা অসিনি।

## (পঞ্চ রস)

প্রভুগী মণ ওইবা শ্রীবাসনা ঈশৈ হল্লে, বুদ্ধিগী মশক্ ওইবা শ্রীঅদ্বৈতনা প্যংয়ে, গোবিন্দ ভক্তনা তুংইল্লি। ইন্দ্রিগী মশক ওইবা মুরারিনা খোম্বাংলে: প্রাণগী মশক্ ওইবা মুকুন্দনা দুহার ওইরে। চিৎকী মশক ওইবা শ্রীনিত্যানন্দনা ভাবর্কী মশক ওই। হায়রিবা অসি পঞ্চরস কৌই।

বাহং পরেং:-

১। শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চ তত্ত্ব করিবু খংনবগে ?

২। চৈতণ্য প্রভুগী পঞ্চ তত্ত্ব কনা কনাবু খঙনবগে ?

৩। গৌরাঙ্গগী পঞ্চপ্রাণ কদায়বু কৌবগে ?

৪। পঞ্চরস করিবু কৌবগে ?

## ( সঙ্গীত পারিজাত )

মার্গ-দেশী বিভাদেন সঙ্গীতংভবতিদ্বিধা ।।
স্বর্গে মার্গা শ্রীতং ভুতল রঞ্জিতম ।।

সঙ্গীত সারনা হায়রি শ্লোক অনিসি ভাব অমতনি। সঙ্গীতপু মার্গ-দেশী হায়দুনা মখল অনি থোকখিবগী মরম্দি ভরত মুণিনা ব্রহ্মাদগী তম্বা সঙ্গীত মখৈ স্বর্গদা লৈবা লাই নুপী-নুপানা শকই জগোয় শায়। মাদুবু মার্গ সঙ্গীত কৌই হায়বনি।

মহাদেবগী জগোয়বু গন্ধর্ব্ব অপ্সরাশিংনা শকখিবা শাখিবা তাণ্ডব অমসুং লাস্য জগোয়গী মতৌ তমদুনা তাইবং মীনা শকইবা শারিবা জগোয়বু দেশী জগোয় কৌই।।

দেশী জগোয় হায়বসি মাগী মাগী মরোল্না অমসুং মাগী মাগী ধর্ম্ম ধর্ম্ম অদুগী মতুংইন্দুনা শকপা শাবা জগোয়নি মরম অসিনা খর খর থেন্নবা মান্নদবা হৌনৈ। মুন্না কুপ্না খল্লবদি, জীব পুম্নমক্না শকইবা শারিবা জগোয়, রাগ রাগিনী তাল, মাত্রনাচিংবা পুম্নমক অসি চপ মান্নে হায়বদা থোইনা লাল্লোই।

মদুগী প্রমান্দি:-

## (অলঙ্কার কৌস্তুভ)

অলঙ্কার কৌস্তুভ: প্রথম কিরন পৃষ্ঠাদা ।৫।
মূলাধারাৎ প্রথম্ মুদিতো যস্তত তাব পরাক্ষ: ।।
পশ্চাৎ পশান্ত্যর্থ হৃদগো বুদ্ধিযুঙমধ্য মাখ্য: ।।
বক্ত্রে বৈখর্যায রুরুদি ষোরস্য জন্তো সূষুম্না।
বদ্ধস্ত স্মাদ্ভবতি পবন প্রেরিতোবর্ন্ন সঙ্ঘ: ।।

খোঞ্জেন খোন্থোক হায়বা অসি মীওইবগী খোইদৌগী নাভি চক্রদগী খোল্লকই। নারদ-ব্রহ্মাগী মশক্ ওইবা ওঁ: ঙ্কার প্রণব অদুবু অহানবদা পবা কৌই। মীওইবনা হোল্লিবা নুংশাস্বরদা তোংলুদুনা মথক লোমদা কারকই মদুবু পশ্যন্তী কৌরে। হৃদি যৌরগা বৈখরী কৌরে।

ওঁঃ ঙ্কার প্রণব অদু লৈরক্লে, খোঞ্জেন থোক্লক্লে, অঙাংগী কপ্পনচিংবা খোঞ্জেন মখৈদি থোক্লে ব্রা ঙাংবা ময়েক হায়বদি ঙমদ্রি। নাতোন মনুংদা সুষুমনা কৌবা শিংলিদা লৈরবদা প্রাণ বায়ুনা ণাদব্রহ্ম অদুদা য়ৈরগা মরোন থোকলকই অমদি ব্রা ঙাংলকই। স্বরবর্ণ, ব্যঞ্জণ বর্ণ, পুম্নমক ণাদব্রহ্মনা ঙাংলকই। খোঞ্জেন, খোম্হোক, ব্রা ঙাংবা ঈশৈ শকপা রাগ, রাগিনী হায়বা অসি নাদ ব্রহ্মদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি।

হায়রিবা প্রমাণ অসি তন্ত্র শাস্ত্রদগী লৌদুনা কবীকর্ণ পুর গোষামীনা লেংবা কৌস্তভদা মথক্কী পৃষ্টা অসিদা য়াওরি মসিগী প্রমাণ লৈবনা, মণিপুরগী ওঝা রাগ শেম্বা ঋষিশিংনা তা, রি, ত, না, ত, না, রি, তরেৎ অসিদা ছন্দসুর পান্দুনা রাগগী অলাপ শেমখিবনি। প্রমাণ অসি লৈবদগী অস্থি সঞ্চয়, পোরোক, নাম সঙ্কীর্ত্তণ, মেরাগী শয়ন, দশঅবতার অমদি অঙ্গ মপুংফাদবা সঙ্কীর্ত্তণশিংবু "ওঁঃ" শব্দবু "আ" শব্দনা ওন্থোকলগা "আ" হায়না ঈশৈগী অহানবদা প্রাণব তৌরগা শকনিংবা ঈশৈ অমা হেক্তা শকই। ওঝা অমদি ঋষিশিংনা অস্থি সঞ্চয়দা রাগ হৌবা য়াদে হায়রম্লিবা অসি লাইরিক অসিগী প্রমাণ লৈবননি।

**ব্রাহং পরেং:-**

**১। সঙ্গীত মখল কয়া শুবগে ?**

**২। স্বর্গদা লৈবা সঙ্গীতপু করি সঙ্গীত কৌবগে ?**

**৩। (মর্ত্ত) পৃথিবিদা লৈবা সঙ্গীতপু করি সঙ্গীত কৌবগে ?**

**৪। অস্থি সঞ্চয়দা রাগ হৌবা য়াদে হায়বা করি মরক লৈবগে ?**

## (নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্ হৌরক্ফম্)

লৈসেম্ঙৈদগী তোপ্ তোপ্পা লৈজরক্লবা মণিপুরগী ধর্ম্ম অসি মতম্ শাংনা চৎনরক্ই। মতম্গী মতুংইন্না মণিপুর অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্পা হৌরক্খি। মৈদিঙু ক্যাম্বা, চরাইরোংবা অমসুং গরীবনীৱাজ হায়রিবা নিংথৌশিংশিগী মথংদা রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্তাগৌরধর্ম্মগী ইখায় অমা অমুক্ লোংথোক্পা হৌরক্খি।

রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্র খৃ: ১৭৬৩-১৭৯৮ দা কাঞ্চিপুরদা নিংথৌ ওইদুনা পান্খি। সনা হাক্তক অসিদা গোবিন্দ নিরূপন্ তৌবগা লোইননা মচা ইবেম্ম বীম্বাবতীনা রাসেশ্বরী ওইদুনা মহারাস কৎপা হৌখি। রাস অসিগী মমাংদা সঙ্কীর্ত্তণ অমনা শক শোন্বা হৌদোকনবগীদমক্তা হান্না লৈরম্লবা সঙ্কীর্ত্তণ অরিবা বংদেশ পালাদগী শেমদোক শেমজিন তৌরগা অনৌবা পালা অমা শেমদোক্লগা পালা অসিনা রাসকী মমাংদা হৌদোক্লগা রাস কীর্ত্তণ কৎখি। সঙ্কীর্ত্তণ অসিদা রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুংযৈ, ঙাংবম ওঝা প্রেমানন্দনা পুং তুংইল্লি। মতোল্ ইবুংঙো ঙৌব্রাম্ শাইনা ঈশৈ হল্লি, শ্রীধর শাইনা দুহার অমসুং অখাম্ ওঝা রসানন্দনা খোন্বাংবা ওইদুনা সঙ্কীর্ত্তণ্ নুপা পালা শক্খি। লাইরিক অমদা কবো খুম্বোম শিধান্তানা খোনবাংবা ওইনসু য়াওই মতম অদুদা শক্খিবা সঙ্কীর্ত্তণবু নট পালা হায়না খংনখি। **হায়রিবা নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্ পালা অসি অরিবসু নত্তবা অনৌবসু নত্তবা ইয়ান্ য়াম্নবা মওং অমদা লৈরম্মী।**

নট সঙ্কীর্ত্তণ অসিবু রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা, মীওইবগী দশ কর্ম্মদা শিজিন্নহনখি। নট সঙ্কীর্ত্তণ অসিনা কলি জীবগী অরান্ খুভম্ ফংননবগী মচাক অমা ওইহন্খি।

ৱাহং পরেং:-

১। **গৌরধর্ম্ম অসি করম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা মণিপুরদা চৎনখিবগে ?**
২। **অহান্বা মহারাস মফম কদায়দা তৌখিবগে ?**
৩। **রাসকী মমাংদা তৌখিবা সঙ্কীর্ত্তণ অদুগী মকোক মঙা অদু কনা কনানো ?**
৪। **সঙ্কীর্ত্তণ অদুগী মমিং করি কৌবগে ?**
৫। **মহারাসগী রাসেশ্বরী কনানা ওইখিবগে ?**

# । নট্ পালা ।

নট্ পালা হায়বা মমিং অসি করম্না থোন্খিবনো হায়বগী মরম্দা খরদং ইজরি। গোবিন্দগী "নটবরবেশ্" ওইরিবা খুদম্ অসি লৌদুনা নট্পালা হায়বসি থোন্খি অমসুং গৌরাঙ্গগী ত্রিকচ্চ ফৈজম্গুঞ্জা মতোন্, খ্বাংয়েৎকী ফিদোল্ অনি অসিগা অমদি ফৈজম্ নামৈগী ফিদোন্ অমা অহুম্ অসি তিল্লগা শ্রীগৌরাঙ্গগী ত্রিকচ্চ ফিজেৎ ওই। হকচাংগী দ্বাদশ্ তিলক্, উরিক্-নগুণ্, নব মালা কোয়েৎ ফিজাংগী পেক্রুক্ অসিনি। শ্রীগোবন্দিগী মুকুট্কী মহুৎতা ফিজাং য়েৎলিবা চুড়াগী মহুৎতা পেক্রুক্ হাপ্লিবা অসিনচিংবা শুরগা গোবিন্দগী নটবর বেশ্ হায়বসি থোক্ই মরম্ অসিদগী লৌদুনা মমিং নট্ পালা থোল্খি।

**ব্রাহং:-**

**১। নট পালা হায়বা অসি করম্না থোনখিবগে ?**

# । রাগ রাগিনী শেম্খিবা ।

নট্ ঈশৈগী রাগশিং অসি সঙ্গীত শস্ত্রগা য়াম্না মরী লৈনবা মওংদা শেম্বা রাগ ঙাক্তনি। হায়বদি রাগ অমদা চঙবা বর্ণশিং অসি নিংথিনা য়াওরী। নট্সঙ্কীর্ত্তণ্গী রাগশিং অসিগী মওং অসি হান্না মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা ঈশৈ অরিবা শিংদা লেংদনা লৈজরবা শঞ্জনি। অদুগুম্বা অরিবা ঈশৈশিং অদুগী শৈহেক্ শৈদা অমদি শঞ্জ অদুদা চানা চানবা থিদুনা সঙ্গীত শাস্ত্র কয়া সঙ্গীত দামোদরনচিংবা রাগ রাগিনীশিংগী মমিং অমদি বাহন্গী শরুক্ লৌথোক্লুনা ওঝাশিংনা শেম্দোক্পিরম্বা রাগ রাগিনী ঙাক্তনি।

**ব্রাহং:-**

**১। নট ঈশৈগী রাগশিং অসি সঙ্গীত শাস্ত্রগা করি মরি লৈনবগে ?**

## । রাগ রাগিনী মমিং থোন্‌খিবা ।

রস শঞ্জ অচাবা য়েংদুনা রাগ রাগিনী শিংগী মমিংশিং অসি ওঝাশিংনা থোম্বীরম্বা ঙাক্তনি।

খুদম্:- হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা। হায়রিবা ঈশৈ অসিগী শঞ্জদগী লৌদুনা (নলিনী রাগ) শেম্‌খিবনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। অসুম্না তোঙান্ তোঙাম্বা অরিবা ঈশৈগী শঞ্জ কয়াদগী হৌজিক্ চৎনরিবা রাগশিং অসি শেম্লম্বনি। নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্ ঈশৈগী রাগশিং অসিগী হৌরক্‌ফম্‌দি, থায়নগী অরিবা ঈশৈশিংদা য়ুম্‌ফম্ ওইবনি।

## । রাগ রাগিনী শেম্বীরম্বা ওজাশিং ।

রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্র সনা হাক্তক্ অসিদা নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্‌গীদমক্তা রাগ রাগিনী শেম্বীখিবা ওজাশিংদি:-

১। শ্রী চেসাবা চৈতন্য পুরেন্॥
২। শ্রী লোয়তাম্ ওঝা রসিকানন্দ॥
৩। শ্রী অখাম্ ওঝা রসানন্দনি॥

ৱাহং পরেং:-

১। নট ঈশৈগী রাগশিং অসি করিদা য়ুম্‌ফম্ ওইরগা শেমখিবনো ?

২। নট ঈশৈগী রাগ রাগিনী ওঝা কনানা শেমখিবগে ?

## । স্বরগী মরম ।

হিন্দুস্থানি সঙ্গীত্তা শিজিন্নরিবা হৌজিক হৌজিক ঐখোইনা উরিবা যন্ত্রশিং অসি মণিপুরদা উদ্রিঙৈ অমদি লৈত্রিঙৈগী মমাংদা মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা অরিবা ঈশৈগী শৈশক শৈদা অসিগী লৌরম্বা সুর রিপিদি উচেক পিথাদোয়না খোংবগী খোম্থোক্তুগী লৌই হায়না ওঝাশিংনা তাকপিরম্মি। পিথাদোয়গী স্বরদি দ্রীর্ঘ স্বরনা হৌরগা পঞ্চম, অমদি ঘোর, তারকই। তাকপিরম্বা ওঝাদি লাইরেঞ্জমগী গন্ধসিংনি।

শৈশক্কি খুদম:-

১। কবুই ইচিন ইনাওসিংনা ঈশ্বরগী মরমদা শৈথাদুনা শকপা ঈশৈ শৈশক নাহানা দ্রীর্ঘ স্বরদা শকই, মিয়াই চল্লকপাসিংনা পঞ্চম স্বরদা শকই, অহনগী জাত মখৈনা ঘোর স্বরদা শকই, শৈশক অসিমক পিথাদোইদগী লৌবা স্বরনি হায়বদা থোয়না চিংনিনিংঙাই লৈতে।

২। ইঙেনগী নিনি পান্বদা কাং চিংলগা নুমিৎ ১০নি চুপ্পা জগবন্ধুগী মাংদা জয়দেবগী দশ অবতারবু ঈশৈ সুর পান্দুনা পালাসিংনা শকই। শৈশক অসিসু হান্না লৈবম্বা অরিবা শৈশকতগী লৌদুনা দ্রীর্ঘস্বরনা হৌরগা পঞ্চম অমদি ঘোর তারকই শৈশক অসিসু মথক্তা হায়খ্রিবা অসিগা মান্নে হায়বদা থোইনা অকাইবা লৈরোই হায়না খঞ্জে।

নট সঙ্কীর্ত্তণগী অহান্বা রাগ হৌবা মতমদা ঈশৈ শকপনা (আ) প্রনব তৌরিবা সুর অসি পুংয়েবগী পুং মনাওগী সুর খোম্থোক্তুগী লৌরগা ঈশৈগী রাগ হৌগনি হায়না তাকপিরম্মি। তাকপিরম্বা ওঝাদি লৈখিদ্রবা শ্রীকোংগ্রাইলাৎপম ইবোমচা (অভিরাম শাবা শর্ম্ম) পাবুংনা তাকপিরম্বনি। অদুগা স্বরগী মবম্দদি থোইনা থিরুবা লৈতে।

ব্রাহং পরেং:-

১। হিন্দুস্থানি সঙ্গীতকি যন্ত্রশিং অসি লৈত্রিঙৈদা করিদগী সুর লৌরগা ঈশৈ শক্লম্বগে ?

২। নট সঙ্কীর্ত্তণগী রাগগী সুর অসি করম্বা যন্ত্রদগী লৌরগা রাগ হৌবগে?

# । নট্ সঙ্কীর্ত্তণগী ফজবা মগুণ্ ।

শাস্ত্রনা হায়রম্বা সঙ্কীর্ত্তণ্গী মওং কয়া অদু কায়দনা লৈবা নট্ ঈশৈগী মওং মতৌনি, শৈশক্ অসিগী ফজবা অসি মী অমা অনিতনা শক্পদগী ময়াম পুন্না অৱায় অখুম্ তৌদুনা শক্লবতদা চপ্ চাবা মগুণ থোরক্ই। মরম্ অসিনা নট্ ঈশৈ অসি ময়াম্ পুন্না শক্পদা ফজনবা শেন্নম্বা শৈশক্ অমনি।

**শ্রীযুৎ নর সিংহ মহারাজ সনা হাক্তক্ (খৃ: ১৮৪৪-১৮৫০) অসিদা হান্নগী মওং অসিদা ফিজেৎ লৈতেংনা চিংবা হাপ্চিম্বীদুনা ফজবা মওং অমদা পুশিল্বিরকখি।।**

ৱাহং:-

**১। নট্ সঙ্কীর্ত্তণ ঈশৈগী ফজবা মগুণ্ করিনো ?**

# । অষ্টবেশ্ ।

## ফিজেৎ লৈতেং

নট সঙ্কীর্ত্তণদা পালা অমনা অষ্টবেশ অসি শেৎকনি, অষ্টবেশদা চণ্ডলিবা ফিজেৎ মখলশিং অদুদি:-

১। ফৈজোম্ অঙৌবা
২। খ্বাংয়েৎ অঙৌবা
৩। ফৈজোম্ মনুংগী শেৎনবা ফি অমা
৪। চন্দন্ অঙৌবা।
৫। নোগুন্
৬। উরীক্
৭। কোক্য়েৎ
৮। কোক্য়েৎকী পেত্রুক্ অসিনি।

ৱাহং:-

**১। অষ্টবেশ করিবু কৌবগে ?**

## । ফিজেৎ লৈতেং, ফৈজোম খোংদাই।

নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্ ফিজোল্ অসি মৈতৈদগী ওইবা অৱাংবা দর্শনগী ফিজেৎ মখল্ অমনি। অঙৌবা মচুগী অচম্বা ফৈজোম্ অমদি কোকয়েৎ অসিনা অচুম্বা পান্থগী অৱাংবা দর্শণ্গী মশক্ উৎলি। পুং অমসুং করতালদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী মশক্নি। মমাংঙৈদা ফৈজোম্ খোংদাই তাইদুনা শেৎলম্মী। গুরুশিংনা তাক্পিবগী মতুংইন্না খোংদাই তাইদুনা শেৎপগী মরম্দি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী লাংওল্ লাংদাইগী অপুন্বা মশক্নি হায়না তাক্পি।

ৱাহং পরেং:-

**১। নট্ সঙ্কীর্ত্তণ ফিজোল অসি উরগা ভাবক্লা করি ৱাখল পোকপগে ?**

**২। মমাংঙৈদা ফৈজোম খোংদায় শেৎলম্মী ফৈজোম খোদাংই শেৎপগী করি ৱারি লৈবগে ?**

## । ফৈজোম্ শেৎপগী মওং ।

শাস্ত্রগী নিয়ম্ মতুংইন্না চানবা (ত্রিকচ্ছ) কিশি অহুম্ য়াওবা ফৈজোম খুৎশেৎনি। চুম্নগী ফৈজোম্ মশেত্তগী পালা ফৈজোম্ ফিজেৎনা নামৈ লৈগনি অমসুং লৈবগী মওং অসি মৈতৈতগী ওইবা তোপ্ তোপ্লা খুৎশেৎ মওং অমনি। ফৈজোম্গী মথক্তা খ্বাংগী মপাদা অঙৌবা খ্বাংচেৎ অমা য়েৎকনি। অসুম্না য়েৎলিবা ফিজেৎ অসি মুন্না থিজল্লবদি হক্চাংগী অশোয় অঙাম্ য়াওদনবা শেৎপা ফিজেৎনি। ফিজেৎ অসি শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী মতম্দা মপুঙ ফানা ফজবা অমা ওইখি।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। ত্রিকচ্ছ ফিজেৎ করিবু কৌবগে ?**

**২। পালা ফিজেৎ অসি করম্বা নিংথৌগী হাত্তক্তা মপুংফাবা ওইখিবগে ?**

# । সঙ্কীর্ত্তণ্দা ফি থাবগী মরম্ ।

নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্গী রাগ হৌবা মতম্দা ফি অমা য়ান্দবা য়াদে। অসিনা মরম্ ওইদুনা লৈ চন্দন্গা লোয়ননা ফি য়েল্লিবা অসিনি। সঙ্কীর্ত্তণ্ কৎলিবা মী অদুনা ফিয়েন্বা ঙমদ্রগা, পালানা খ্বাংদা য়েৎলিবা খ্বাংয়েৎ অদু লৌথোক্লগা লেংবান্দা য়ান্দুনা রাগ হৌগনি। রাগ হৌবা লোয়রগা খ্বাংয়েৎ অমুক্ য়েৎশিন্গনি। মসিগী নুংগী ওইবা মরম্দি রাগ হৌবা মতম্দা ঈশ্বরগী মফম্দা চংজবা অমসুং ঐনা মতোল্লে হায়বা ভক্তিগী মওং অমনি।

সঙ্কীর্ত্তণ্দা ফি থাবা অসি চৎনবী অমা ওইখিদুনা হৌজিক্ সঙ্কীর্ত্তণ্দা থারিবা ফিবু ফিথা ফিশিন্ হায়না কৌই। সঙ্কীর্ত্তণ্দা থারিবা ফি অসি মকোক্ মঙা, ঈশৈ হন্বা, দুহার, খোম্বাংবা, পুংয়ৈবা অনি পুন্না মঙা অসিনা পালা ময়ামদগী ফি খর হেন্না থাগনি। মসিগী মরম্দি মখোয় মকোক্ মঙা অসিবু নুংগী ভাপ রসদা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী দেহেদগী পঞ্চতত্ত্ব: পুথোক্পিদুনা সঙ্কীর্ত্তণ্গী মুর্ত্তি লিংখৎপিবা ঈশ্বরগী মশক্ ওইবা মঙাবু পালাদগী ফি খর হেন্না থাদুনা ঈশ্বরশিংবু সঙ্কীর্ত্তণ্ কৎলিবা থৌবুনা সন্মান্ তৌবনি।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। সঙ্কীর্ত্তণদা ফিথারিবগী মরম করিগিনো ?**

**২। সঙ্কীর্ত্তণদা ফি থারিবা অসিগী মমিং করি কৌবগে ?**

**৩। সঙ্কীর্ত্তণগী মকোক মঙানা ময়ামদগী ফিথাবা হেল্লিবা অসি করিগিনো ?**

# । নট্ সঙ্কীর্ত্তণগী লেংবা য়াদ্রবা তাংকক্ ।

অহান্বদা:- রাগ অমা হৌগনি। (রাগ, মার্গ) ধর্ম্ম অসিগী লম্বী।

অনিশুবদা:- সঞ্চার অমা তাগনি। সঞ্চারনা থৱাই হাপ্পি।

অহুমশুবদা:- রাগ তাবা অমা, তিন্তাল্ অচৌবা নৎত্রগা মচাদা।

মরিশুবদা:- রাজমেন্ অমা পুংগা করতাল্গা পুন্না খায়মিন্নবা।

মঙাশুবাদা:- তাঞ্চপ্ অমা তাগনি। তাল্ অরাওবা অমদি অকুংবদা।

তরুক্শুবদা:- মেন্কুপ অমা তাগনি। অইংবা অতপ্পা মওংদা।

তরুক্ অসিনা নট্ সঙ্কীৰ্ত্তণ্গী লেংবা য়াদ্রবা পরিংনি।

**ৱাহং:-**

**১। নট্ সঙ্কীৰ্ত্তণগী লেংবা য়াদ্রবা তাংকক কয়া শুবগে ?**

## । সঙ্কীৰ্ত্তণ্গী মূৰ্ত্তি ।

রাগ, সঞ্চার, তিন্তাল, রাজমেণ্, তাঞ্চপ্, মেন্কুপ্, তরুক্ অসিনা সঙ্কীৰ্ত্তণ্গী মূৰ্ত্তি অমা ওইরে হায়না লৌনৈ। রাগ হায়বসি হন্দক্কী মফম্ অসিদদি (রাগ, মাৰ্গ) ধৰ্ম্ম অসিগী (মাৰ্গ) লম্বিবু লৌনৈ। ঈশ্বর মহাক্কী কৃপা করম্না ফংগবা হায়না নিংদুনা রাগ তৌই। অসি পুম্নমক্ সুপ্চিন্না(রাগ) মন্, বুদ্ধি, চিৎ, ইন্দ্রি, প্রান্, মঙা অসিগা শ্রীভগবান্গী মূৰ্ত্তি অমা, তরুক্ চঙনা শাগত্তুনা পুজা কৎলি।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। সঙ্কীৰ্ত্তণগী মূৰ্ত্তি অমা করম্না ওইরে হায়না লৌগনি।**

**২। রাগ হায়বা ৱাহৈ অসি সঙ্কীৰ্ত্তণ্গী মফম অসিদদি করম্বা রস লৌগদগে ?**

**৩। ভগবানগী মূৰ্ত্তি অমা শাগৎপদা করি করি চংবগে ?**

## । সঙ্কীৰ্ত্তণ্ মহাযজ্ঞ ।

সঙ্কীৰ্ত্তণ্ কত্তুনা পুজা তৌরিবা পুম্নমক্ অসি ঈশ্বরদা জীবনা থাজবা উৎপনি। খরদং পঞ্জরুবনি মহাক্কী লীলা মহাক্কা খংই ঐগী থমোয়শু মহাক্নি। শাস্ত্রগী মত্ লৌদুনা পঞ্চতত্ত্ব:, পঞ্চরস, পঞ্চগব্য মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ,

পৃথিবী, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ত্রিব্যন্ তত্ত্ব:, নব দেবতানচিংবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তিবু শাগত্তুনা সঙ্কীর্ত্তণনা পুজাগী পোৎলম্ ওইনা ইরাৎচৈ অমসুং পুজা তৌজৈ।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। সঙ্কীর্ত্তণ্ কৎপগী কান্নবা করিনো ?**

**২। সঙ্কীর্ত্তণবু করম করম্বা মশক্তা ইরাৎপগে ?**

# । নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্গী পরিং ।

নট্ সঙ্কীর্ত্তণ্দা অকক্নবা নিযম্ অমগী মখাদা পবিং (ক্রম্নিয়ম) লৈ। পরিং অসি কাইবা য়াদে, রস্দি অমা হেক্তা শক্পা য়াই।

**। পরিংদি ।**

১। বরিবা।।

২। সঙ্কীর্ত্তণ্ মনুংদা পালানা লেপ্পা ফিরেপ্ মখল্ অহুম্, ফিদুপ মখল্ অহুম্, মিৎয়েং মখল্ অহুম্।।

৩। বাগ: হৌবা।

৪। রাগ: তাবা অমসুং তিন্তাল্।।

৫। বেরী ঘাট্ অমসুং লম্বী ঘাট্, রাজমেন্ হৌবা।।

৬। রাজমেন্ মেন্নুং।।

৭। মেন্ সেতু ঘাট্।।

৮। মেন্ অওল্বা।।

৯। তাঞ্চপ্ ।।

১০। তাঞ্চপ্ মপি।।

১১। মেন্কুপ্ সেতু।।

১২। মেন্কুপ্ ।। অসিনি।।

তৌগদবা নিয়ম্শিং মখাদা অমুক্ সুগাইনা ইজরি।

বরিবা:- লৈ চন্দন্ লৌদুনা হক্চাং শেংদোক্কনি। লৈ চন্দনগী মশক্তি

১। ধুবনা-গন্ধ (মনমনি)

২। দ্বীপনা-বর্ণ (মচুনি)

৩। চন্দননা-শরূপ (মওংনি)

৪। লৈনা-সন্দেস (মথেলনি)

৫। পানানা-রস (মহাওনি)

শেংদোক্লগা বরিবা চংগনি। পুংয়েবা, ঈশৈ শকপা, দুহার, খোম্বাংবা, পুংতুংইম্বা, পুন্না মীওই মঙানা সঙ্কীর্ত্তণ্গী চিংখৈথোংদগী চংলক্লগা কল্প বৃক্ষগী মশক্ ওইবা যাত্রাবু খুরম্গনি।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। সঙ্কীর্ত্তণ পরিং কদাইবু কৌবগে ?**

**২। লৈ চন্দন লৌরগা বরিবা চংলিবা করি মরমগীনো ?**

**৩। লৈ চন্দনগী মশক করিনো ?**

## । খুরুম্বা মখল্ ।

খুরুম্বা মখল্ অহুম্ শুই।।

১। পঞ্চাঙ্গ ২। অষ্টাঙ্গ ৩। দণ্ডবত।

পঞ্চাঙ্গ:- খুরুম্বগী মওংদি— খুউ অনি, খুত অনি, অদুগা লাইবক্ মঙানা লৈবাক্ শোক্লুনা খুরম্ববু পঞ্চাঙ্গ কৌই।

অষ্টাঙ্গ:- খুরুম্বগী মওংদি— খোংদোন্ অনি, খুউ অনি, খুত অনি, থবাক্ অমসুং লাইবক্লা লৈবাক্ শোক্লুনা খুরুম্ববু অষ্টাঙ্গ কৌই।

দণ্ডবত:- খুরুম্বগী মওংদি— লৈবাক্তা চৈশুনা তাবগী মওংদা খুরুম্ববু দণ্ডবত কৌই।।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। খুরুম্বা মখল কয়া শুবগে ?**

**২। মখলশিং অদু শুগায়না তাকউ ?**

# । ভাবক্ মখল।

হরিনাম্ গৌর সঙ্কীর্ত্তণ্মু (শ্রবন্) তাবিরিবা ভাবক্ মখল্ মরি থোক্নি। মখল মরি অদুদি:-

১। মখাদা ফম্বা ভাবক্তী বলরাম্গী অবতার "নিত্যাইনন্দ", সঙ্কীর্ত্তণ্ মপুবু খুরুমগনি। (রতি) অপাম্বনা রস্ চুপ্চবনি।।

২। নোংচুপ্তা ফম্বা ভাবক্তী, ভগবতী পৌর্ণিমাসিগী অবতার মাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী কাংলুপ্পু খুরুম্গনি। (রতি) অপাম্বদি ভাব্ পোক্পগী মশক্লি।।

৩। অৱাংদা ফম্বা ভাবক্তী নারদগী অবতার শ্রীবাস্গী কাংলুপ্পু খুরুমগনি, (রতি)না অপাম্বগী মশক্লি।।

৪। নোংপোক্তা ফম্বা ভাবক্তী হনুমান্গী অবতার মুকুন্দগী কাংলুপ্পু খুরুম্গনি, (রতি)না অপাম্বগী মশক্লি।।

মাইকৈ মরিগী ভাবক্ খুরুম্বা লোইরকপগা থৌবু ওইরিবা গৌরাঙ্গবু খুরুম্গনি। খুরুম্বগী মরম্দি ঙসিগী শক্কদৌরিবা রস্বু হংজবগী ভাবনি। থৌবু ওইরিবা মহাক্ অদুনা (ভণ্ডারী) অৱাংফম্দা হংঙু হায্বগী ভাবনি। মথংদা অৱাংফম্দা লৈরিবা লাইবু খুরুম্গনি। অৱাংফম্দা লৈরিবা লাই খুরুম্বগী রস্দি ঙসিগী সঙ্কীর্ত্তণ্দা শক্কদবা রস্বু হংজবনি হায্না পুক্লিংদা খন্গনি। (ভণ্ডারী) অৱাংফম্না পানা-ক্কা তাঙ্গ অমা পিরক্লিবা অদুগী ৱাহম্হোক্তী, ক্কা তাঙ্গ লোল্লিবা অসি ইবুংঙো ইবেম্মগী শ্বরূপনি ক্কা মশুং অহুম অসিনা তিনবঙ্কাগী রস ফোংদোকপনি। রস্ অসি সঙ্কীর্ত্তণ্ হৌরম্দায্দা হায্রক্কে হায়না ক্কা তাঙ্গ অদু পিরক্পনি হায়না খণ্ডনা ক্কা-তাঙ্গ অদু কল্পবৃক্ষগী মশক্ ওইরবা যাত্রা মখোংদা থম্গনি। মসি বরিবগী নিয়ম্নী।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। ভাবক মখল কয়া শুবগে ?**
**২। মশক মমিংগা কোম্ননা মা মাগী অপাম্বা অদু তাকউ ?**
**৩। থৌবু খুরুম্বগী ভাব-রস করিনো ?**
**৪। অৱাংফম খুরুম্বগী ভাব-রস করিনো ?**
**৫। অৱাংফম্না ক্কা-তাঙ্গা পিরকপগী ভাব-রাস করিনো ?**

# । ফিরেপ্ মখল্ অহুম্ ।

বরিবা লোইরবা মতুংদা পালানা সঙ্কীর্ত্তণ্ মণ্ডলী ময়াইদা চংলক্লগা মাগী মাগী মফম্দা মকোয়্ মান্ননা ফম্গনি।

অরাংফম্না লৈ চন্দোল্ পানা অমসুং ফিনচিংবা কৎপা লোয়্বদা পালা পুন্নমক্ পঞ্চাঙ্গদা খুরুম্লগা হৌগৎকনি। হৌগৎলবা মতুংদা ফিরেপ্ মখল্ অহুম শিজন্নে।

১। অহান্বা ফিরেপ্:- খুনিংদা ইঞ্চি অনিরোম্ লাওহল্গনি। খোঙদোনদা, খোঙগী খোঙফৈ অমগী চাংদা লেপ্কনি, মসিগী ফিরেপ্ অসিবু সগোল ফিরেপ্ কৌই।

২। অনিশুবা ফিরেপ্:- খুনিংদা খোঙফৈ অমগী অরাওবা ওইগনি, খোংদোনদা খোঙগী খোঙফৈ অনিগী চাংদা লেপগনি মসিগী ফিরেপ্ অসিবু নোংশা ফিরেপ্ কৌই।

৩। অহুম্শুবা ফিরেপ্:- খুনিংদা খোঙফৈ অনিগী অরাওবা ওইহনগ্নি, খোঙদোন্দা খোঙফৈ অহুম্গী চাংদা লেপ্কনি, মসিগী ফিবেপ্ অসিবু শামু ফীরেপ্ হায়না কৌই।

রাগ হৌবগী ফিরেপ্টী অহান্বগী ফিরেপ্ সগোল ফিরেপ্তা রাগ: হৌগনি।

# । ফিদুপ্ মখল্ অহুম্ শুই ।

ফিদুপ্ মখল্ অহুম্ অদুদি:- ১। ফিরেপ্ ফিদুপ্ ২। ফৈথেক ফিদুপ্ ৩। ফৈথুপ্ ফিদুপ্ ।।

ফিরেপ্ ফিদুপ্:- খোঙ খুনিং অনিগী মরক্তা মশাগী খুৎকী খুৎশা অনি লাওহন্গনি। খোঙদোন্ অনিনা মশাগী খোঙফৈ অমগী অশাংবা ওইগনি। ত্রিকোণ শাদুনা লেপ্কনি। কৈ মরুদাইঞ্চি অমগী চাংদা থুপকনি। লেপ্লা মতম্দা শ্বর চনিং হন্থগনি। হকচাংগী অরুম্বা নিংদা পিদুনা লেপ্কনি।

ফৈথেক ফিদুপ্:- মথক্তা হায়খিবগুম্না ত্রিকোণাদা লেপ্লগা, মতুংদা খোঙ, খুউ অনি অদু মাঙদা থেক্লা ইন্শিন্দুনা খুৎ অনিগী খুনম্না, খুউ অনিগী মথক্তা খুৎ অনি থম্গনি। ফৈ, খুউ, খুজেং, থুপতুনা লেপ্পা ফিরেপ মসিবু ফৈথেক্ ফিদুপ্ হায়না কৌই।

ফৈথুপ্ ফিদুপ্:- অহান্বদা য়াওখ্রবা ত্রিকোণদা লেপ্লগা খোঙ অনিগী খুউনা লৈমায়দা লেপ্লিবা খোঙগী খোঙদোন্ মপা চপ্চানা খুউ মাংদা ইন্শিন্দুনা ফৈ থুপ্তক্লা খোঙগী খুউ খুজেং থেক্লা হকচাংগী অরুম্বা পুদুনা থম্গনি। খুৎকি খুৎতোল্ অনি অদু তিংনা খোঙগী খুউ অনিগী মপাদা থাদগনি খুৎতোন্না লৈমায় শোক্কনী হায়রিবা অসিবু ফৈথুপ্ ফিদুপ্ কৌই।

**ব্রাহং পরেং:-**

**১। ফিরেপ মখল কয়া শুবগে ? অমমম্তা ওইনা শুগাইনা তাকউ।**

**২। ফিদুপ্ মখল কয়া শুবগে ? অমমম্তা ওইনা শুগাইনা তাকউ ?**

# । মীৎয়েং মখল্ অহুম শুই মদুদি ।

১। অহান্বা মীৎযেং, নোলুক্লা য়েংবা মিৎয়েং, মশাগী থগাই অমা লাপ্পা যেংবা মীৎয়েং॥

২। অনিশুবা মিৎয়েং, কল্পবৃক্ষগী মশক্ ওইববা যাত্রা মখোঙদা য়েংবা মীৎয়েং॥ (লম্ অমগা থাগাই)

৩। অহুম্শুবা মিৎযেং নাতোন্ নাক্চি উনা অরাপ্পদা য়েংবা মীৎয়েংনি। মীৎয়েং অসি নাতোন্ নাকচি থাদোক্তবনা মবম্ ওইদুনা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি সঙ্কীর্ত্তণ্দগী মপাল্ থোক্তবা মীৎয়েংনি হাযনা লৌগনি।

**ব্রাহং পরেং:-**

**১। মীৎয়েং মখল কয়াশুবগে ?**

**২। মীৎয়েংশিং অদু অমম্মম্তা ওইনা শুগাইনা তাকউ ?**

# । হরি ধ্বনি ।

পালানা সঙ্কীর্ত্তণ্ হৌননবা মকোয়্ শানা লেপ্লবদা সঙ্কীর্ত্তণ্গী মপু নিত্যাইনন্দনা হরি ধ্বনি লাওগনি। হায়রিবা হবি ধ্বনি অসিনা শক্কদবা সঙ্কীর্ত্তণ্গী রস্ তাক্পনি হায়্না লৌগনি।

শ্রীমদ্রাধা গোবিন্দ প্রীত্যানন্দবল্ প্রেম্সে কহ্।

শ্রীরাধা কৃষ্ণ বল্ প্রভু নিত্যাই চৈতন্যদ্বৈত।

শ্রীরাধা রাণী কহত সন্ত সাধো মধুর রস্বানি হরে হরে।

**ব্রাহং:-**

১। **হরি ধ্বনি লাওরিবা মীশক্তু কনানো ?**

হরি ধ্বনি লাওবা হেক্ লোয়বগা পুংগী রাগ হৌগনি, মথংদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি, রাগ:গী ঘর, পঞ্চম্, দীর্ঘ, লোয়রগা ঘর অমুক হঞ্জগনি, রাগ হৌবা লোইরবদা, গুরু বন্দনা, বৈষ্ণব্ বন্দনা, নবদ্বীপ্ বন্দনা গৌরাঙ্গগী অবতারগী শল্লোক্লচিংবা ঈশৈ শক্পনা থিব লোইরগা, গৌরবট্ তাগনি। গৌরবট্ অসি রাগ তাবা হায়নসু খংনৈ। রাগ তাবা অসি তিন্তালদা শক্কনি।

# । ফম্ফম্ মখল্ ।

তিন্তাল্ শক্পদা ফম্ফম্ অহুম্ শিজিন্নৈ।

অহান্বা:- তর্পণ্ ফম্ফম্॥

অনিশুবা:- ফম্প্রেৎনা ফম্বা ফম্ফম্॥

অহুম্শুবা:- খোঙ্গাংনা ফম্বা ফম্ফম্॥

১। তর্পণ্ ফম্ফম্:- রাগ তাবদা ফম্লিবা ফম্ফম্ অসি তিন্তাল্ ফম্ফম্ হায়না খঙনৈ। ওইথংবা খোঙ অসি, কোন্শিল্লগা নীঙনা নন্শিন্দুনা ফম্বা য়েৎ থংবা খোঙ অসিনা খুউ য়ুম্শাবগুম্না কোন্শিল্লগা খুৎয়েৎনা করতাল্ অনি অদু উপ্শিন্দুনা পায়বগা খুউ মথক্তা থম্গনি মসিবু গিরাথাংবা ফম্ফম্ হায়নসু খঙনৈ।

২। ফম্প্রেৎনা ফম্বা ফম্ফম্:- খোঙ অনিগী খোঙনম্ অমদি খুউ অনি পুন্না লৈতাদুনা, খোঙ অনি অদুগী খোঙগী খোঙদোন্ অনি অদু পুন্শিন্নগনি। পুন্শিন্নরিবা খোঙগী, মথক্তা নিঙনা ফম্জিন্গনি, খুৎনাম্মানা করতাল্ পায়দুনা ফৈ অমগী মথক্তা থম্গনি, খুৎ নাম্মনা ফৈ নাকল অমদা উপ্তুনা থম্গনি, মসিবু ফম্ প্রেৎনা ফম্বা ফম্ফম্ হায়না খঙনৈ।

৩। খোঙ্গাংনা ফম্বা ফম্ফম্:- খোঙ অনিগী খোংদোন্ অনি নক্লনা খুনিং কাঙনা লৈতাগনি। কাংলিবা খুনিঙ অনিগী মথক্তা নিঙনা ফম্জিন্গনি। ফৈ অনিগী মথক্তা খুৎকী খুবাক্ অনিনা উপ্না উপ্না খুৎতোল্ মনুংদা ওন্শিন্নদুনা থম্গনি, য়াং তিংবাগা লোইননা থমোয়সু হন্জিন্না ফম্গনি। খুৎকী খুনিং খরসু ফন্দোক্কনি মথক্তা পন্খ্রিবা ফম্ফম্শিং অসি তিন্তাল্ ফম্ফম্দা মরু ওইবা ওইনা শিজিন্নবা ঙাক্তনি খুৎনা করতাল্ পায়রগা তিন্তাল্গী অকম্বা মতাংদা শিজিন্নৈ।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। তিন্তাল ফম্ফম্ কয়া শুবগে ?**

**২। মখলশিং লৈরবদি শুগায়না তাকউ ?**

# । তিনবঙ্গাগী রস ।

তিন্তাল্গী রস্দি সচ্চিদানন্দ বিগ্রহগী মশক্ ওইরবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী পুক্লিংদা ভাব্ অহুম্ ফাওখি। মদুদি মমাংঙৈদা দ্বাপুর যুগ্তা, শ্রীবৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণ অনিগী পুর্ব্ব রাগদা শ্রীমতি রাধিকানা পুরুষ্ অহুম্দা মন্ ইচ্ছা বরিখি। (থৱাই কৎখিবা) অসি অমমম্ ওইবা ভাব্ ওইনা লৌনৈ। অদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী পুক্লিংদা ফাওখিবা ভাব্ অহুম্ অদুসু অমতনি। মনুংগী রস্ অসি লৈবদগী রাগ তাবা মতম্দা তিন্তাল্ থাদবা যাদে।

**ৱাহং:-**

**১। রাগ তাবদা তিন্তাল থাদবা য়াদে হায়বগী মরম করিগীনো ?**

# পুর্ব্ব রাগদা রাধীকাগী মন ইচ্ছা বরিখিবা।।

## (বাঁশি ধ্বনি)

পুর্ব্ব রাগগী মতম্দা ভগবতী পৌর্ণিমাসিনা বৃন্দাদেবীগা ৱা তানদুনা, রাধা কৃষ্ণ অনিমক্ পুন্না শানহন্নবা থৌরাংলক্ই। নোংমদি পৌর্ণিমাসিনা শ্রীকৃষ্ণদা রাধিকাগী ফজরবা শওং শাদা রূপ্গুণ্ পুন্নমক শন্দোক্লা ৱারি লিরম্মী। রাধিকাবু উনিংবনা লাংতক্লরম্মী। পৌর্ণিমাসিগী মফম্দা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই। ঐনা মফম্ কৈদা চৎলগা রাধিকাবু ফংগনি তাক্পিয়ু ঐঙোন্দা। শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহৈ তাবদা ভগবতী পৌর্ণিমাসিনা হায়রকই। হে ইবুংঙো-ইবুংঙোগী নাকন্দা য়েপ্লিবা জগতপু শুক্মৎ ঙন্বা বাঁশিনা রাধা রাধা হায়না খোঙবিয়ু শোইদনা রাধাবু ফংগনি। পৌর্ণিমাসিগী পাওতাক্ মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণনা কদম্গী মখোঙদা বাঁশিনা রাধা রাধা হায়না নুংশিরবা সুরনা রাধাগী থমোইবু শুক্মৎখি। বাঁশিংগী খোঞ্জেল্ তাবদা শ্রীমতি রাধিকা আপাম্ নুংশি ৱাখল্না পুক্লিং লাংতক্নখি। খাংঙম্দ্রবা থমোয়, অমসুং ৱাখন্দুনা বাঁশি খোংলিবা পুরুষ্ অদুদা (মন ইচ্ছা বড়িখি) থৱাই কৎখি।

## । নন্দিমুখি দুতি ।

অনিশুবদা:- ভগবতী পৌর্ণিমাসিগী য়াথং পুদুনা নন্দীমুখী দুতিনা রাধিকাগী নাক্তা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ্ গুণ্ ফজবা পুন্নমক্ থাগত্তুনা বাধাগী মফম্দা ৱারি লিখি। নন্দী মুখী দুতিগী ৱাহৈ তাবদা রাধিকা শ্রীকৃষ্ণদা রতি লৈজবগা লোইননা থৱাই হকচাং পুন্নমক্ কৃষ্ণ হায়বা পুরুষ্ অদুদা (মণ্ ইচ্ছা বড়িখি) থৱাই কৎখি।

## (চিত্রবত)

অহুম্শুবদা:- হৈশিংলবী বিশাখানা শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা মুর্ত্তি অমা য়েক্তুনা রাধিকাগী মফম্দা উহন্খি। শ্রীকৃষ্ণগী ফজববা মুর্ত্তি অদু হেক্ উরুরবদা রাধিকানা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অদুদা (মন্ ইচ্ছাবড়িখি) থৱাই কৎখি।

## (ৱাধিকাগী চিন্তা)

ৱাখল্ থেল্লিদা রাধা ঐসে, করি ৱাখল্দগীনো, ঐনা পুরুষ্ অহুম্দা মন ইচ্ছা বড়িরুরিবা। খল্লু খল্লুরগা রাধা অৱাবগী মথক্তা অৱাবা ওইরে। নিংবা কায়রবী মশানা লাল্লে খঞ্জরবী শ্রীমতি রাধিকা চিক্লবা লৈকোল্ অমদা ফম্দুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরম্মী।

## (চানবীহৈবা কৃষ্ণ)

রাধাগী অৱাবা উবদা ইখং খঙহৌদনা লেংঙক্লে কৃষ্ণনা রাধাগী নাক্তা তপ্না তপ্না হায়রকই রাধে নমিৎ পাংথোক্উ, কৃষ্ণ ঐগী ৱাসে তাওনে। নংগী থমোইদা পুরুষ্ অহুম্দা মন ইচ্ছা বড়িখরে হায়না ৱারিবা ৱাখল্ অদু থাদোক্উ। নংহাক্লা থৱাই কৎলিবা পুরুষ্ অহুম্ অদু তোঙান্বা নত্তে কৃষ্ণ ঐ ইথন্তনি। অৱাবা ৱাখল্ থাদোক্লো রাধে॥

## (শ্রীকৃষ্ণ দর্শণ্)

শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিরবা মধুর বানি তাবদা শ্রীমতি রাধিকা মিস্না থন্বাল্ অনি পাংথোক্লক্পা মতম্দদি মাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন্-মোমোন্ নোক্তুনা ঙাস্থোয়রম্বা হেক্ উবদা শ্রীমতি রাধিকা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। শ্রীমতি রাধিকাগী ৱাখল্ অমসুং পুক্নিং হক্চাং পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা কচ্চখি।

**ৱাহং:-**

**১। তিনবঙ্গাগী রস কদাইবু কৌবগে ?**

## (রাধানা করতাল্গী মশক্নি)

হে রাধে চান্না থোইরবি নঙহাক্ অসে, কৃষ্ণ ঐগী হৃদিদা চেৎনা লোৎতুনা থম্জগেকো রাধে। শ্রীকৃষ্ণগী চান্বিবা ৱাহৈ তারগা, রাধিকা মবুংঙোগী বদন্ (মাইথোং) য়েংজরগা নুংশিরবা ৱাহৈনা হায়জবক্ই। হে কৃষ্ণ, ইবুংঙো নঙগী হৃদিদা তোল্লবী ননাইনা, লৈজবা মতম্দা রাধা কৌবি ঐনা

ইবুংঙো নঙগী নুংশিরবা নামবু শোঞ্জগে মতম্ লৈবা খিবিক্তা করতাল্ ওইনা। মরম্ অসি লৈবদগী করতাল্ হায়বা যন্ত্র অসি শ্রীমতি রাধিকাগী বক্ষস্থল্গী মশক্নী।

করতালগী মচুদি সনাগী মচুনি মখোলনা শ্রীমতি রাধিকাগী খোঞ্জেলনি। করতাল পায়বা মতমদা গোপিগী মশক ওইদুনা হরিনাম অহুমলক শোল্লগা করতাল পায়গনি। করতালগী মরিদি ইবেম্মগী বেনীনি। মসি খংনা করতাল খিংগনি।

# চহি (বয়ষ) অমদি যন্ত্রগী মশক্

বয়ষ:- বাইল্য, পৌগন্ধ, কৈশোর, যৌবন্।

যন্ত্র:- ঝাল, মন্দিলা, করতাল, মাংগং, অসিনি।।

**ব্রাহং পরেং:-**

**১। রাধাবু করতালগী মশকনি হায়রিবশিগী মরম করিনো শুগায়না তাকউ ?**

**২। রাধাগী চহিগা চানবা যন্ত্রমশিং কয়ানো ?**

# (বেড়িঘাট্)

গৌরাঙ্গগী লিলা কয়া কয়া শক্ শোল্লুরবগী মতুংদা পালাশিংনা হৌগত্তুনা, খোঙ য়েৎনা হান্না মাঙ থাদুনা সঙ্কীর্ত্তণ্বু যেৎওইননা কোয়গনি, খুকোই অসিবু নবদ্বীপ্ পরিক্রমা হায়না খংনৈ। কলিগী সঙ্কীর্ত্তণ্ অসিগী পরিং অসি যুগ্ অনিনা শাই হায়নৈ। শারিবা যুগ্ অনি অদুদি, দ্বাপুর অমসুং কলিনি। গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা কলিগী লিলা কয়া শান্নরবগী তুংদা দ্বাপুরগী লিলাবু নিংশিংলুবা অমসুং কলিগী অরোইবা দ্বাপুরগী অহৌবা অনিগী তাইনফম্ অসিবু বেড়িঘাট কৌই।

**ব্রাহং:-**

**১। বেড়ি ঘাট্ কদায়বু কৌবগে ?**

## (যন্ত্র মিলণ্)

পালাশিংনা য়েৎওইননা কোইরক্পা অসিনা মাগী মাগী মফম্ য়ৌরবদা পুঙ য়ৈবা, ঈশৈ শকপা, অমদি দুহার মখোয় মখোয়না পায়রিবা যন্ত্রশিং অদু (সংযুগ) শোক্লরগা অষ্টাঙ্গ ভক্তিদা খুরুম্গনি, মসিবু যন্ত্র মিলন্ হায়না কৌনৈ।

ব্রাহং:-

১। যন্ত্র মিলন করিবু কৌবগে ?

## (লম্বী ঘাট্)

অষ্টাঙ্গ ভক্তিদা খুরুম্লুরগা পালা পুন্নমক্ হৌগত্তুনা করতাল্ থারগনি, মসিবু ঘাট্ থাবা হায়না খংনৈ। অহান্বা করতাল্ খায়রগা খুৎয়েৎ থাঙ্গৎকনি। অনিশুবদা ঘাট্ অমুক্ খায়রগা খুৎ অনি অমুক্ থাঙ্গৎকনি, খুৎ অনি থাঙ্গৎলিবা অসিনা বৃন্দাবন্ লিলা রস্গী অহৌবনি, মসিবু বৃন্দাবন্ পর্বিক্রমাসু হায়নৈ। থাঙ্গৎলুরিবা কবতাল্ অনি অদু চপ্ মাননা য়েৎকী খুউ মপাদা, মখাদা খিংথগনি। অমুক্ পুন্না থাঙ্গৎত্তুনা ওইগী খুউ মপাদা, মখাদা খিংথবগা ফৈ লৈদুনা, ওইগী খোংনা হান্না মাং থাদুনা ওই-ওইননা মাগী মাগী মফম্ তান্না কোইবক্কনি। মসিবু লম্বী ঘাট্ হায়না কৌই।।

ব্রাহং:-

১। লম্বী ঘাট কদায়বু কৌবগে ?

## (মেণ্হৌ)

পালাশিংনা মাগী মাগী মফম্ য়ৌরবদা মনুংগী রস্দনা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভুনা বাধা ভাব্ চংলক্তুনা মখাদা ওইবক্কদৌরিবা শ্রীবাধাগোবিন্দ অনিগী সিঙ্গাব বস্গী মশক্ ওইরবা রাজমেন্গী অহান্বা হৌবা রস অসিবু গৌবাঙ্গ মহা প্রভুনা চুপচাব, রস মতাং অসিবু মেনহৌ হায়না কৌনৈ।

ব্রাহং:-

১। মেণ্হৌ কদায়বু কৌবগে ?

## (রাজমেণ্ মেন্থুং)

**রাজমিলনং:-** মনুংগী অথুপ্পা রস্দি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইবা মওংদা লিলা কয়া শান্নবনি, মমিং অসিবু মৈতৈ ওঝা ঋষিশিংনা রাজমেণ্ হায়না শম্জিন্না মিং থোল্খিবনি, মসিগী প্রমাণ্ কীর্ত্তণ্ চিন্তামণি শাস্ত্রগী চপ্চাবা মতনি। রাজমেণ্ হায়বা অসি তাল্ মখল্ অমা নত্তে। অতোপ্পা লয় দুইতাল্ অচৌবা হায়বা অদুনি। রাজমেণ্ শব্দগী হৌরক্ফম্দি করতাল্গা পুংলোণ্গা কোন্ননা খাইদোক্-খাইদোক্কুনা রাগ সঞ্চার য়েগনি, অমদি বিরাম্ নাইনা ঘাট খায়গনি, খায়রিবা মওং অসিবু রাজমেন্ হায়না কৌনৈ।

**হ্রাহং:-**

**১। রাজমেণ্ মেন্থুং কদায়বু কৌবগে ?**

## (মেণ্ সেতু ঘাট্)

পালা পুন্নমক্তা মেন্থুংগী ফজবা শাথেক্ ইপোম্গা লোইননা ফজবা মওংদা উৎলম্লগা, মেণ্বুংগীনা অরোইবা, মেণ্ অওলবগীনা অহৌবা, অনিগী মরক্তা ঈশৈ য়াওদনা 'আ' হায়না লাওরগা পুংগা করতাল্গা পুন্না খায়মিন্নগনি খায়রিবা অসিগী মমিং সেতু ঘাট কৌই।

মতাং অসি শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা পুন্না লিলা শান্নবগী মওংনি।

**হ্রাহং:-**

**১। মেণ্ সেতু ঘাট কদায়বু কৌবগে ?**

## ( মেণ্ অওল্বা )

সেতু ঘাট্ খাইখ্রবাগী মতুংদদি মেণ্অওল্বা তারগনি। অওল্বগী রস্ ভাবতী সঙ্কিন্ বিলাস্নি। সঙ্কিণ্ বিলাস্ হায়বদি, শাওবগী মওং মান্না নায়োক,

নাইকা অনিনা শান্নবা লিলা। মৈদা মুন্‌বা চু আশাবা চাবগুম্না শানা-শানা হাওবা অদুবু সংকীন্না সম্ভোগ্ কৌই।

**ৱাহং:-**

**১। মেণ্ অওল্‌বা কদায়বু কৌবগে ?**

# (মেণ্ থাবা-তাঞ্চপ্)

মেণ্ থাবা-তাঞ্চপ্‌কী রস্ ভাব্‌তি নায়োক্ নাইকাগী রস্ চুপ্পীরিবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা শান্নবা লীলা লোয়রদুনা পোৎথাবগী মওংদা ওইনা ওঝাশিংনা লৌনৈ, লৌরিবা রস্ অসিবু সম্পূর্ণ সম্ভোগ্ হায়না খঙনৈ। রস্ অসি তাঞ্চপ্ মপি ফাওবা (বিশ্রাম) পোৎথাবগী মওংদা চিংগনি।

# ( সম্পূর্ণ সম্ভোগ )

উদাহরণদি:- মতম্ খরদং উন্নরুদবদগী হেক্ উনবদা নুংঙাইবদো, সম্পূর্ণ সম্ভোগ কৌই।

**ৱাহং পরেং:-**

**১। তাঞ্চপ কদায়বু কৌবগে ?**

**২। সম্পুর্ণ সম্ভোগ হায়রগা করিবু খংনবগে ?**

# (মেনকুপ সেতু)

পালাশিংনা পুঙলোনগী মতুংইন্না চোলোম্ তৌই, দুহারগী শাথেক্ শানোম্না শক্তি পুথোক্লুনা অযেংবা ভাবক্‌পু পেল্‌হল্লি অমদি শা, উচেক কয়াগী (গতি) খোঙচৎ লৌদুনা দুহারনা চোলোম্ তৌই। মসিবু তাঞ্চপ্ মপি কৌই তাঞ্চপ মপি অমসুং মেনকুপ্ অনিগী মরক্তা "ঘাট্" অমা লৈ, হায়বদি পল্

অমা লৈ পল্ অসিবু মেন্‌কুপ্ সেতু কৌই। তাঞ্চপ মপিগী শাথেক্ শানোম্ মেনকুপ্তা ওনশিল্লক্নবগী মওংনি।

ব্রাহং:-

**১। মেন্‌কুপ্ সেতু করিবু কৌবগে ?**

## ( মেনকুপ্ )

মেনকুপ্‌কী অহান্বা শাথেক্ শানোম্‌দি নুংশিংনা শিলক্পা মতম্‌দা ঈশিংগী ইথক্ ঈপোম্না তপ্না-তপ্না হৌরক্‌পদগী অশুম্-অশুম্ কুংশিল্লক্‌পগুম্না তৌগনি মথক্কী রাজমেন থারম্‌দাই মৈতাল্ অশাবা নেৎপগুম্না থাখিবা অদুগুম্না মেনকুপ্‌শু মৈতাল্ অশাবা নেৎপগুম্না থাগনি। মেনকুপ্ তপ্না থাবা য়াদে। মেনকুপ্‌কী রস্‌দি সমৃদ্ধিমান্ ভাব্ বিলাস্ কৌই।

## ( সমৃদ্ধিমান্ )

স্বপ্না বিলাস্:- মংদা উনবা, শান্নবা॥

ব্রাহং:-

**১। মেন্‌কুপ্‌কী রস করিনো ?**

মতাং অসিদা সঙ্কীর্ত্তণ্‌গী পরিং লোইরে।

-----------

# । রাগ ।

## (অহানবা শরুক)

## শ্রীওঝা প্রেমানন্দনা শেম্বিরম্বা

## ॥ অনুৱা রাগ মচা ॥

খৃ: ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ পুর্ণিমা নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দজীদা মহারাস কৎখি। নরসিংহ মহারাজগী মবুধৌ ইবুংঙো ঙৌব্রামসাইনা রাস অদুগী নিপা পালাগী ঈশৈ হনবা ওইখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মখুরা ইবুংঙো শ্রীধরসাইনা দোহার, অমদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মশামক্না পুঙ যৈখি, প্রেমানন্দনা তুং ইনখি। খোম্বাংবানা কাবো খুম্বোং সিধান্তনি। লাইরিক অমদা অখাম ওঝা পুরেন বসানন্দনা ওইবা য়াওই। ঈশৈগী রাগ ওঝানা সেমখি। পুঙগী রাগ অনুৱা রাগ মচা অসি ওঝা প্রেমানন্দনা সেম্বিরম্বনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা কৎলগা শ্রীযুতনা রাগ অসি গোবিন্দদা কৎখি।

পুঙলোন অদুদি:- 'অনুৱা রাগ মচা', তানথা (১) ফাক(১) মাত্র (৮)

(য়েৎ, তানথা) (ওই, ফাক)

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| – | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খব | খর | তেন | তা | তেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| টক | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খর | খর | তেন | তা | তেন | - |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| টক | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খর | খর | তেন | তা | তাং | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খর | খর | তেন | তা | তাং | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| – | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | খর | খর | তেন | তা | থেন | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | তাং | – | খিৎ | – | তাং | খিৎ |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| তৎ | তা | খিৎ | তাং | খিৎ | তা | তা | খিৎ |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| তা | তা | খিৎ | তাং | ঘিন | তা | তা | গিন |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| তৎ | তা | গিন | তা | থেন | – | – | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| ধিন | – | – | – | তেন | – | – | – |
| + | – | – | – | 0 | – | – | – |
| টক | – | – | – | তাং | – | – | – |

মতাং অসিদা রাগ মচা লোইরে। মখা অসিদা ঈশৈগী রাগ হৌরগনি। ঈশৈগী রাগ লোয়রগা কার্ত্তিক সঞ্চার তারগনি। কার্ত্তিক সঞ্চার অসি ওঝা প্রেমানন্দনা সেম্বীরগা শ্রীযুততা কৎপনি। পুংলোন অসি অহানবা লেংবিরম্বা মতমদা গৌর সঞ্চার কৌরম্মী। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরবা তুংদা গোবিন্দগী অগ্রদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মেরা থাগী কার্ত্তিককী পুর্ণিমা ইরাই নুমিৎতা রাস কৎপগী উপলক্ষদা অহানবা সংকীর্ত্তণ পালাদা মহারাজ মশানা পুঙ থোন্দুনা সঞ্চার হায়না মিং থোনবিখি।

## । কার্ত্তিক সঞ্চারগী পুঙলোন ।

কার্ত্তিক সঞ্চারগী পুঙলোন্দি মখাদা পিজরি।

তানথা অমা(১) ফাক(১) মাত্র(৪) নি।

**(অহানবা সঞ্চার)**

| (তানথা) | | (ফাক) | | (তানথা) | | (ফাক) | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| ধিন | খরখর | তেন | তা | তেন্তা | টকখিৎ | তাং | – |
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| টাক | খরখর | তেন | তা | তেন্তা | টকখিৎ | তাং | – |
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| ধিন | খরখর | তেন | তা | তেন্তা | টকখিৎ | তাং | – |
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| টক | খরখর | তেন | তা | তেন্তা | টকখিৎ | তাং | তেন্তা |
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| তাক | খিৎতাং | তেন্তা | তাকখিৎ | তাং | তাং | খিৎ | তা |
| + | – | 0 | – | + | – | 0 | – |
| থেন | তাধিন | -তা | ধিন | থেন | তাধিন | -তা | ধিন |

